# খুদোপ অনি

( বঙ্কিমচন্দ্রগী যুগলাঙ্গুরীয়-মৈতৈরোন্দা )

শ্রীবাহেংবম বীরমনি সিংহ



অকোংবা :—মাহেংবম ইবুংঙোহল সিংহ
বুক সেলর ১নুং পত্রিসার
নাগোলবন্দ, মোইরাংখমুম লৈরক, ইম্ফাল।

অহানবা কোংবা : ~
শক্তিবু মণিপুরাব্দ ১১৭৯ অহানবা থুংনম
লাইরিক মশীং —১০০০



মমল লুপা ·৫০

গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেসতা ছাপা তৌবা।

# খুদোপ অনি

(১)

হৈকোল লৈকোনগী মঙ্গুংদা লৈবা উৱীগী কুঞ্জ অমদা মী অনি লেপতুনা লৈরমঙ্ঈ। মতম অদুদা সমুদ্রনা থাঙ্গনগী সহর তাম্রলিপ্তগী মমৈরাই চামথোক্তুনা ঈরাওথোল মেংনা মেংনা থাদোকলমঙ্ঈ।

তাম্রলিপ্ত সহরগী অরোইবা লমদম সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা অডকপা দলাল অমা লৈরমঙ্ঈ। মাদুগী মনাক্তা নিংথিনা শারবা উগী য়ুম অমসু লৈ। য়ুম অসিগী মপুদি ধনদাস কৌবা লল্লোমবা নুপা অমনি। নুপা অসিগী মচা নুপী হিরন্ময়ী উরীগী কুঞ্জ অদুদা লেপতুনা পাথং অমগা য়ারী শারমঙ্ঈ।

হিরন্ময়ী সুহোংবগী চহী মতাং হেন্দোকখ্রে। মাহাকনা অপাম্বা মপুরোইবা কাংলুপে হাঙ্ঈদুনা সমুদ্রগী মপান্দা লৈবা সাগরেশ্বরী কৌবা দেবী অদু চহী তমামাথোই শুবদগী চহী মডা মথং মনাও নাইনা পূজা তৌরকলে, অদুবু মনিংদি থুংকমদ্রে। চহী মপুং ফাদ্রবকবী লৈশাবী অদুনা পাথং অমগা করিগী য়ারী শানরমহৈবনো হাঈবা অদুদি মী পুম্নমকনা থংনেরমর্লবনি। হিরন্ময়ীগী চহী মরি শুবা মতমদা পাথং অসিগী চহী নিপাল শুরমলে। পাথং অদুগী মপা শচীসুত ধনদাসকী লৈকোক লৈকাইনি। মরম অদুনা মাবুংতামী অতাং ওইহিরিদা শান্নমিন্নরমহৈবনি। শচীসুতকী য়ুমদবু ওইরে, নত্রগা ধনদাসকী য়ুমদবু ওইরে, মথোই অনি হেক হেক লৌমন্নরমঙ্ঈ। হৌজিক্তি নুপীগী চহীনা তরাতক্লক নুপাগী চহী কুন শুরে, অদুম অদুম ওইনমক মবুংতামীগী অতাং ওইহিরিদা লৈনরকপা মরূপ মপিজা ওইবগী মরী অদুদি অদুম মরৈরি। অকাঙ্ঈবা থরদংদি মথোকলমঙ্ঈ। মতম চানা চানা পাথং লৈশাবী অনিমককী মপানা মবুংতামী লুহোংশি হাঙ্ঈনরমলবানি। লুহোংবগী হমিং ফাওবা লেপনরমলে। অদুবু হিরন্ময়ীগী মপানা ইথং থংহৌদনা মবুংতামী লুহোংবা মাদনে হোংফনরোই হেক্তা হাঈরমঙ্ঈ। মাদুগী মমিতগী হৌদুনা মবুংতামী থক উনখিদ্রে।

ওসিদি পাথং অহুনা হাঈবদি পুরন্দরনা য়ামনা হাঈগ্র চংচহুনা রা অরুবা থর লৈরে হাঈহুনা হিরন্ময়ীবু কৌথোকসমই। উরীগী কুঞ্জদা লাকলহুনা হিরন্ময়ীনা হাঈরে "ঐবু নংনা করিগী কৌথোকলকহৈবনো ? হৌজিক ঐ মুপী মচাদা মচাদম্ব নংলকত্রে অসিগুম্বা মফমদা ঐনা ইতোমতা নংগা থেংনরিবা অসি মীন। উরগস্মু কয়া ফজদে। মতুংদা অমুক হন্না কৌরকলবদিঐ থোক্লকসরোই।

চহী তরাতরুককী মুপা মচা অমনা ঐ মুপী মচাদা মচাস্মু নংলকত্রে হাঈবা থোল অমা থাম্বিবা অসি ফজথ্রবা রাকমনি। অহুবু মফম অহুদা মাস্মুমনা ফজৈ হাঈবিনবা কনা অমতস্মু লৈরমদে। পুরন্দরগী চহী মতাং অমদি পুকনিংদি মাহুগুম্বা ভাব য়াওরমদে।

পুরন্দবনা কুঞ্জদ য়াম্থবিবা উরী অমদগী লৈ অমথ হেকলগা শেগাঈর শেগাঈর হাঈরকই "ঐ নংবু অমুক কৌরকলরোই। ঐ অরাপ্পা লৈবাক্তা চংকদৌরি। অহুনা ঐ নভোন্দা মাসি তাকলমগে হাঈহুনা লাকলিবনি।"

হির:— অথাপ্পা লৈবাক্তা হাঈবদি কদাঈদা ?

পু:— সিংহলদা

হির:— সিংহলদা করিগী ? সিংহলদা কদৌবা চংকগে ?

পু:— করিগী চংলুগনি ? ঐ:থাইদি লল্লোল ইতিক ভোহুনা লৈরিবনিনা ঐস্মু মফম অহুদা লল্লোল ইতিককী দমক চংলুগে। মাসি হাঈনা হাঈনা পুরন্দবগী মমিৎ ঈরা চেল্লে।

হিরন্ময়ী মবুকনিং লাংলে। মা করিগুম্বা রা অমতা ভাংলমদে মমাংদা মুমিংকী মচাম্না সমুদ্রগী ঈথক্ত শাম্নরিবা অহু মানা মমিৎ কুপতনা য়েংলকলে। মতম অহু অয়ুকনি নামবা নুংশিং লৈার লৌম্নি শিংথি নামিবা নুংশিংনা থোকহনবা ঈথকত থোরকপদা ভাইারবা মু মংকী মচাল ভাহুনা তনিক তনিক নিকলি — সমুদ্রগী ঈশিংদা মাগী অরোই অথম নাইদবা অরংবা লৈই শন্দোকলে — সমুদ্রগী ঈয়াইদা কোঙ্গোলনা কুহু কু:মন ফজবী মুপীগী মপাদা সনা মুপাগী লৈভেংনা ভৌবগুম নিংথজরে ঈশিংদা তাবা উচেকশিংনা ভোবর্ন্দা অভোবা লৈই অমা চিংলিবগী মতাগুম কোঈচং চংলি। হিরন্ময়ীনা পূরমক অসিদা য়েংলে অশংব. ঈ.শং উরে, অহুদগী ঈথকা কৌঙ্গোল পরেং উরে, মুমিংকী মচাম্না শাম্নবা উরে— অথাপ্পদা জাহাজ উই অশংবা ঈবিং

অহুদা উচেক অমা বিন্দু অমুবককাগুম পাইরি মাহুমু মানা উরে। মমৈথংদা লৈপাক্তা ভাহুনা লৈবা অকংবা লৈ অমদা য়েংল য়েংলহুনা হাঙ্গৈরকই নং করিগী চংকদৌরিব', অতৈ অতৈ মমাংগী ক্ষেপতদি নংগী বাবানা হেক হেক চংপদাই।

পুরন্দরনা হাঙ্গৈরকই ঐগী ইপা অহল ওইশিল্লকপে। হুজ্জিক ঐগী শেল তানবগী মতম চারে। ঐ ইপাগী য়াথং ফংলবনি।

হিরন্ময়ী উরীগী কুপ্ত অহুদা লৈবা উ অকংবা অমদা মবাইবক ভারমঙ্গৈ। মা মর ঈ লুকলমঙ্গৈ, মচিনবান থক থক নিকলমঙ্গৈ, মনাভোন পোংধোকলমঙ্গৈ হাঙ্গৈবমু পুরন্দরনা উরে। অহুদগী হিরন্ময়ী কপলে হাঙ্গৈবা মানা উরে।

পুরন্দব মমাই লৈথোকখরে। মহাকমু অতিয়া, পৃথিবী, সহর, সমুদ্র পুথনমক্তা য়েংলমঙ্গৈ, অহুবু মবুকনিং লৈভানা য়েংবদি য়ারমদে মমিংতগী ঈরা হৈদরকলে। পুরন্দরনা মমিং নোইরহুনা হাঙ্গৈরকঙ্গৈ নংগী বাবানা ঐগা নংগা লুহোংলল্লরোই হেক হাঙ্গৈখিবা মমিংতগী ঐ সিংহলদা চংকে হাঙ্গৈনা লেপখ্রবনি ঐ সিংহলদগী হল্লকলরোই হাঙ্গৈনা নিংই। ঐনা করিগুম্বা নংবু কাওথোকপা ভমলবদি ঐ লাকখিগে। ঐদি রা য়ামনা ভাংবমু হৈতে নংমু রা য়ামনা তাবা হৈরোঙ্গৈ। জগৎ অসিনা মাইগৈ অমদা লৈরবা মতমদা ঐভোন্দদি জগৎ অসি নংগা পানবা য়াদে হাঙ্গৈবা অসিমতদি নং থংউ। অসিদং হাঙ্গৈরমগে হাঙ্গৈহুনা ঐ মাসিদা লাকপনি। মাসি হাঙ্গৈরগা পুরন্দর থিন্দনা নিংহল্লনা চংলগা অভোপ্পা উ অমগী উনা থংহুনা শেগাইরমঙ্গৈ। মপি থরা থকলকলখদা মানা অমুক হজ্জিল্লহুনা হাঙ্গৈরকই নংনা ঐবু মুংশি হাঙ্গৈবা ঐ নিংথিনা থংই অহুম অহুম ওইনমক নং অভেপ্পা মুপা অমগী মতুদি মওইরগনি। অহুনা নং ঐবু অহুপ হাকনা থল্লরমু। নংগা ঐগা ভসি উবরা অসিদগী অমুক হল্লা উনররশি।

মাসি হাঙ্গৈরমলগা পুরন্দর থুনা য়াংনা চংথোকখ্রে। হিরন্ময়ীদি কনলহুব কপলমঙ্গৈ। কপ্পা খার্জিল্লহুনা মানা অমুক থল্লকই ঐনা ভসি হেক শিরবদি পুরন্দর অসি সিংহলদা চংপা ভমগত্রা ? ঐ ভকশমদা উরী য়েংশিন্দুনা খি-জিবা করিগীবো নত্রপা সমুদ্রদা চোংথহুনা শিজ্রিবনা করিগী ? মানা অমুক

থল্লকই ঐবু শিরবদি পুরন্দর সিংহলদা। চংকে চংসন্থ চংলোই তোকসঙ্গ মতম অহুদাদ ঐ করিগী য়াওরুয়নি? মাসি থন্দুনা হিরন্ময়ী অমুক কপন কপলহুনা কমথখ্রে।

পুরন্দরগা হিরণগা ঐনা লুহোংহল্লরোই হাঙ্গৈহুনা ধনদাসনা করিগী হাঙ্গৈরম্বনো হাঙ্গৈবা কনানস্থু থংলমদে। মাহাকনা মাহু কনাগী মমাংদস্থ ফোং-দোকখিদে। মাসিগী মরম থোইদোকপা অমা লৈ। মাহু হংলবাদ মাহাক মহাঙ্গৈদোকলমগনি। হিরন্ময়ীবু মীনা য়ামনা হাঙ্গৈরে অহুবু ধনদাসনা কনা অমহদস্থ মচা হুপী পীগে হাইনা য়ারমদে। মচানুপী লুহোংবগী রা মাগী মনাকোংদা শুক হাপ হাপলমদে। ইচানুপী চাওশিল্লকলে হাঙ্গৈহুন। মাহাককী হুপীনা পংভ'ং ভাংলমই অহুবু ধনদাস তারমদে। গুরুদেব লাকখিসন্থ মাহাক লাকলগা মাসিগী রা লোইনগনি হাঙ্গৈহুনভা ম'হাক লৈরমঙ্গৈ।

পুরন্দর সিংহলদা চংখ্রে। মাহাক চংখ্রবগী মতুংদা চহী অনিদি অস্থুম তৌনা তৌনা হোৎখবে। পুরন্দর হল্লকলে। হিরন্ময়ী কনাদস্থ থাজ্জখ্রে। হিরন চহী তরানিপাল শুবকলে মতম অসিদা মা হৈকোল অতুগী য়েম্নং অনৌবা হুনবা উপালগুম ধনদাসকী য়ুমদা নিংথিজরমঙ্গৈ।

হিরন্ময়ী মাহুদা য়ারমদে। লুহোংবগী রা হেক ঙাংনবকপগা মা পুরন্দরবু হেক নিংশিংলমঙ্গৈ মাহাককী শাংকাইরবা লৈগী পরেং শিবা অমদি শমখোইব হুপা অহুগী মাইথোং হেক মনিংশিংলমই; শামুগীগুম্বা মাহাকী মরেংবান্দা তোঙ্গম হাপ্পা সনাগী লৈরাং হংপা ইনফি অশংবা মানা হেক হেক নিংশিংলমঙ্গৈ থম্বাল লকা মানবা মখুংত্তা হীরাগী খুদোপ শিবহু হেক মনিংশিংলমঙ্গৈ অহুনা হিরন্ময়ী কপলমই। মপাগী য়াথং হেক থাবদা মাহাক বর অমদা হেকতা লুহোংগদৌরিবনি। মাহুদা মা হিংনা হিংনা অশিবগুম লৈরবা য়ারিবনি। অহুবু মপানা মাহাককী লুহোংনবা হোৎনবদা মপুকনিং চংদনা লৈথোকপা আসদা মা হয়াওরমলবস্থু হয়াওমত্রবস্থু ভক্তবদি ভমলমদে। হুপী চহী অস্থুক য়ামনা লুহোংদনা থম্বাদ কনাস্থু থমনদে থমলবস্থু মা থাজবমথৌদ থাজরগা থংনৈ। মসিগী রাক্ষম মপানা মনাদা হাপতবা করিগীনো? নোংমদি ইথং থংহৌদনা হীরম অসিগী ইঙ্গিত থরদং মাহাকনা কংলমঙ্গৈ।

ধনদাস লল্লোনবগীদমক চান লৈবাক্তা শাবা অঙকপা কৌটা অমা হুই। কৌটা অহু কাবক চাওরমই ধনদাসকী মতুনা মাহুনা হকচাংগী

লৈতেং মথৈ হাপলমঙ্ৰী। ধনদাসনা অনৌবা লৈতেং কয়া অমস্থ শারহুনা মতুদা পীরমঙ্ৰী। লল্লোনবা নুপা অহুগী মতুনা অৱিবা লৈতেংগী কৌটাগা লোঙ্ৰীননা মাথোই অসিস্থ মচানুপীদা পীশিল্লমঙ্ৰী। লৈতেংশিং অসিবু য়োম্বা চিঠি মচেৎ অমা হিবন্ময়ীনা থেংনরুরে।

হিরন্ময়ী লাইরিক পাবা হৈরমঙ্ৰী। মাহুদা মাগী মিং মকোকৱাই মক্তদা উবদা মহাকনা মাহুগী মবোল থংনিংলমঙ্ৰী। অহনা মহাকনা চেঞ্জেং অহু পাক্লবদদি ত'থ'ই অমত্ত মডাইবহুনা অর্থ থোকত্রে। কনানা কনাদা হাঙ্ৰীরিবনো হাঙ্ৰীবা অহু ফাওবা কবিগুম্বা অনতা থংবা ভমললমদে। অহন অহম ওইনমক হিরন্ময়ী মাহু পাক্লবদা হাঙ্ৰীনিংডাই লৈতনা ৱ'রে শেগাইবা চিঠি মচেৎ অহুদা য়াওবদি :—

জ্যোতিষ হাংতুন ঐন থংলে
হিরন্ময়ীগুম্বা সনাগী লাইফাদবীবু
লুহোংলবদি য়'মনা খুদোং থিবা থোকক নি
ফাওবা অমগা অমগা
য়াই

ইথং থ'দন খুদো' থীবা অমা কে'ক থোকলক্কবর হ'ঙ্ৰীন হিরন্ময়ী নুংশা থীবনা লে'ইরে। কনাদস্থ— করিগুম্বা অমতা হ'ঙ্ৰীদোক্তনা মাহাকনা চিঠি মচেৎ অহু খুঙ্গংতুনা থমলমঙ্ৰী।

(৩)

চহী অনিগী মতুংদ। চহী অমস্থ হোৎরে অহুমকপু পুরন্দর হল্লকপগী পাও অমতা তাদ্রি। অহবু হিরন্ময়ীগী থম্মে ইদা ম'হ ককী মূর্ত্তি মমাংডৈগুম তৱং তবং ডাল্লমঙ্ৰী। মহ'কনা মবুকনিংদা মওল মওল থনথি— পুরন্দরস্থ মহাকপু কাওরম্মোই নত্তবদ মহাক হল্লকলগদবনি।

মতো অস্থমনা চহী অনিনে, অমনে, হাঙ্ৰীবদি চহী অহুন পুয়া পুৱি হোৎরবদা নোংমদি ধনদাসনা ইথং থংহেদন মাহাক্কী ইমুং মন্থং মীদা হাঙ্ৰীথি চংলো ঐথোই ইমুং হূপনা কাশীদা চংপা ত'বে। গুরুদেবদগী মাহক্কী পত্তুৱা অমা লাকই। গুরুদেবনা ঐথোইবু মফম অহুদ চংনবা য়থং পীরকলে। হিরন্ময়ী মফম অহুদা লুহোংগদৌরিবনি। বর ককা মাহাক্কা মফম অহুদা ঠিক ঠ'ক অহুম তৌরমলগনি।

ধনদাস মতুনে, মচানুপী'ন পুক্লমহুন কাশীরোমদ যাত্র তৌবকলে। কাশীদা মতম চান থুংলবা মতুংদা ধনদাসগী গুরু আনন্দ স্বামী লাক্কুনা মহাক্কা উনরয়ে। অহুগা লুহোংব নুমিৎ লেপলে অহুদগী মাহাকনা শাস্ত্রগী মত কাঙ্ৰীদনা থবক পাংথোকউ হাঙ্ৰীরমলগা চৎগ্রে।

শাস্ত্রগী মত মতু'ইন্না লুহোংগদবা অহুগী তৌবা হৌনবগী মথৈ তৌরে। অহুদগী লুহোংবা অহু হেক মথোকলকলে। অহুবু মীদি ময়াওরমগ্রে। ধন-দাসকী মযুমদা লৈবা মী নত্তবা কনা অমতা থংবা ডমলমদে। শাস্ত্রগী র্রা লোইনা ভাকলে হাঙ্গবা মথৈতর্ন।

লুহোংবগী মুমিৎ অহু মুমিদাংবাঙ্গী মতম ল'ম্বোকথ্রহুনা অহিংগী মতম পুং অমা চংশিল্লকলে, অহুম অহুম ওইনমক বুম অহুদা মহৌশা লৈবা মীশিং নত্তনা কনা অমতা লৈবমদে। লৈকোক লৈকাই ক্ষাওবা কন' অমতা লাকলমদে। ধনদাস নত্তনা য়ুম অহুদা লৈবা মী অমতা বর কনানো অমদি কদাইরাইদা লৈবনো হাঙ্গবককা কনাম্মু থংদে। অহুবু মী পুম্নমকনা থাজনরিবা হাঙ্গববু আনন্দস্বামীনা বর থৌবাং লাংবনিনা মত্তিক চাদবা বর থোকলমলবোই হাঙ্গবা অসি মথৈতনি। মাহাকনা করিগী বরগী পরিচয় মীডোম্মা তাকথোকত্রিবনো হাঙ্গবা অহুদি মাহাকত্তনা থংই— মাগী মবুক্লিংগী র্রা হাঙ্গদোক্তবা কনানা থংলুগনি ? য়ুম অমদা কন্যাদানগী থৌরাংনচিংবা তৌহুনা পুবোহিত মত্তোমতা লৈ। মপান্দা ধনদাস মত্তোমত্তা বর ডাইহুনা লৈরি। ইমু'দা হিরন্ময়ী কন্যাগী ওইনা শেম শারে মতৈ কদাইদম্মু কনা অমত লৈত্তে। হিরন্ময়ী মবুকনিংদা মওন মওন থল্লে— মাসিবু কন্যাগী অরোনবা থবক ওইথ্রবনো! অমবু ওইরে অমবু ওইরে পুরন্দর নত্তব কনাদনো ঐগা লুহোংগে হাঙ্গবমথৈ হোংসম্মু মা ঐগী ইপুরোইবা ওইগদৌবদি মবৈত্ত্রে।

অম্মুম তৌরিভৈদা ধনদাস কন্যাবু কৌবা লাকলে। অহুগদি মাহাকপু দান তৌফম তান্না পুত্রিভৈদা মহাককী মমিৎ অনি ফিনা চেন' পুনশিল্লে। মাহুদা হিরন্ময়ীনা হাঙ্গরকই, "মাসিদি করিগীনো বাবা?" ধনদাসনা খুমলকই গুরুদেবগী য়াথ'নি। নংম্মু ঐগী য়াথং মতুং ইন্না থবক তৌ। মন্ত্রশিং অহু নবুক্লিংদা হেক হেক হাঙ্গয়ু। মাহু তাবদা হিরন্ময়ী র্রা অমতা ডাংলমদে। ধনদাসনা মমিৎ উহস্রবী মচা মুপী অহুগী মথুং পাঙ্গহুনা দান তৌফমদা পুথরে।

হিরন্ময়ীনা মফম অহু য়োরবদা থজিক থরাক উবা ফংদনা য়েংলমলবদি বর অহুম্মু মাদৌনা মমিৎ খুমজি'ল্ল হাঙ্গবা উরমগনি। মত্তৌ অম্মুম্না মাথোই লুহোংলে। মফম অহুদা গুরু পুরো'হিত অহুগা বর কন্যা নত্তনা কনাম্মু লৈরমদে বর কন্যা অনি অমনা অমবু উরমদে।

কন্যা দান লোইরবদা আনন্দস্বামীনা বর কন্যাদা হাঙ্গরকই, নথোইগী লুহোংবা লোইরে, অহুবু নথোই অমনা অমবু উরবদরে। লুহোংবা অসিগী

মঙ্গ ওইবা মা হাঙ্গৈবনু কন্যাগী মিং থাদোকপত্তনি মাপোক অসিদা নখোই অমগা অমগা উনরগনদ্রা উনরোইদ্রা হাঙ্গৈবা ওমদ্রে। করিগুম্বা উনরবদি নখোই শক থংনররোই। অদুনা ঐনা নখোই থংনবা য়ানবা পাম্বে অমা তৌদুনা পীরি। ঐগী থুংতা হুজিক খুদোপ অনিথক দৈ। অনিমক জাৎ অমত্তনি। খুদোপ অসে ইকং ফংনদ্রবা মুংনা শাবনি। অদুগা খুদোপ অসি মনুংগী মনমদা নংঙোং অমা য়েকই। মাসিগী অমনা বরদ অতোপ্পা অমনা কন্য'দ পীরে। অসিগুম্ব' খুদোপ অতোপ্পা অমনা কংলোই— য়াহোং অসিগী ময়েক পাক পাক তম্বা য়ারোই। মাসি ঐগী থুংমকনা য়েকপনি কন্য'না খুদোপ অসি কন'গুম্বা মুপা অমগী থুক্তা হেক উবদা মুপা অদু মাহাক্কী মপুরোইবনি হাঙ্গৈমা থংগদবনি। অসিগুম্ব খুদোপ মুপী অমগী মথুংতা শিবা বরনা হেক উবদা মুপী অদু মাহাক্কী মতুংনি হাঙ্গৈনা থংগনি। নখোই কনা অমত্তা খুদোপ অসি মাংহনগনু, নত্রগা কনাদসু পীথোককনু। চরা হেল্লবা ফাওবদসু মসি য়োম্বোক্কনু। অদুগা ওসিদগী চহী মডাগী মনুংদা নখোই অমত্তা খুদোপ অসি শিরুগনু। ওসি আষাঢ় থাগী শুক্ল পঞ্চমী অহিং পুং তরামাথোই তারে মাসিগী মতুং মঙা শুবা অষাঢ়গী শুক্লা পঞ্চমী পুং, তরামাথোই তাবগী অহিং ফাওবদি খুদোপ শীঙ্জিন্নবা ঐনা থিংগে। ঐনা থিংবা অসি থৌশাদ্রবদি অচৌবা অমঙ্গল অমা থেংনগনি।

মাসি হাঙ্গৈদুনা অানন্দস্বমী বিদায় লৌরে। ধনদ সনা কন্যাগী মমিং থুম্বা হাংদোকলে। হিরণ্ময়ীনা মমিং পাংথোকলকপদদি মুম অদুগী মনুংদা মপাগা পুরোহিতকদা মবৈরমঙ্গৈ — মহাক্কী মপুরোইবা য়াওরমদে। অদুনা লুহোংবগী অহিং অদুদি হিরণ্ময়ী মতোমত্তা মরেল্লমঙ্গৈ।

(৪)

লুহোংবা লোইরগা ধনদাস মতুনে, মচাম্পীনে লোইনজেমদুনা মরৈবাক্তা হল্লকলে। চহী মরি লেল্লকলবা ফাওবদা পুরন্দর হল্লকলমদ্রি — হিরণ্ময়ীদদি হুজিক অসিদা মাহাক হল্লকলগা কমদোৌবা, হল্লকত্রগা করম তৌগনি ?

অসুম চহী তরেৎ শুনা পুরন্দর হল্লকত্রে হাঙ্গৈবা অসি থন্দুনা হিরণ্ময়ী মথম্বাঙ্গৈ য়ারমঙ্গৈ। মাহাকনা মবুকনিংদা মওন মওন থল্লমঙ্গৈ 'মাহাকনা হুজিক ফাওবসু ঐবু কাওবা ওমদদুনা হল্লকত্রবনি হাঙ্গৈবা অসি ওইথোক্তবনি। মাহাক হিং-

লিবরা হিংত্রবর হাঙৈনবু চিংনরকলে। ঐবুদি মাহাক্না উননিংত্রে, হৃত্রিকতি ঐ অতোপ্পা মুপা অমগী মতু ওইরে; অতুবু ঐগী অভাং ওইরিবগী মরম অদো হিংসন্নু হ ঈব ঐ করিগী থল্লোই?"

মরম অমবু ওইরে, অমবু ওইরে ধনদাসন্নু রাথল অমদা ফুংংনরম্বা ক্ষোংদোকরক্কদৌরে, রাথল অসিমক্তনা অস্নুম অস্নুম লূমশিল্লক্লুনা, মাহাক কন্না নারে। মাহুমক্তনা মরম ওইহুনা মাহাক শিখ্রে। মতুম্নু মপুরোইবগী থুহুং ইনথি। হুক্লিক হিবণ্মযীগীনি হাঈবা কনা অমতা লৈহোত্রে। মরম অহুনা হিরণ্ময়ীনা মমানা শিবমদাইদা 'নংদি শিবগন্নু' হাঙৈনা মমাগী চরণ হেক পাঙৈরহুনা মমাদা তকনরমঙৈ অমস্নুং য়ামনা কপলমঙৈ। অহুবু ধনদাসকী মতুনা মচাগী ম্না ভাখিদ্রে। মতম অহুদা হিবণ্ময়ী মালেম ভাইবং অসিদা পিদং পাদংপা মচা ওইহুনা মতোমতা ভাইহৌই।

শিরমদাইদা হিবন্ময়ীগী মমানা মাভোন্দা ত'কলমঙৈ, ইবেম্মা! নংগী করি চিন্তা লৈ? নংগী নপুবোইবা অমা লৈরে। অককনবা মতম হৌখ্রগা নং মাগা থেংনরবা য়াই। নত্রবস্নু নং মুপী মচাদা মচ'ম্নু নত্রে। ভাইবং মালং অসিদা খ্ব'ইগী মকোক ওইবা প'ম্বে হ'ঙৈববু শেম্নি, মাহুদি নংগী চাংদম নিঙাই লৈভবগী মথৈ লৈরে।

তোইগুম্নুং অ'শা অহুদি অবেম্বদা ভারে — শিরবা মতুংদা ধনদাস করিগুম্বা অমতা থনংত্রে হাঙৈবা অসি উবা ফংলে। লৈভেং, দম্লাল অমস্নুং য়ুম্বানবগী পোং চৈ নত্তনা অতৈ করিস্নু লৈহোত্রে। চহী কয়ামরুম চুপনা ধনদাসনা লম্লোনবদা শেল মা'লকলে হাঙৈবা অ'সি হিবন্ময়ীনা থর কুপ্পা থিজিনবদা থংবা ভমলে। মা'হাকনা মাহু কনাদস্নু হাঙৈদোকতনা শেল শিংনবগী হোৎনরমঙৈ। মা'হাক্ল রাংন্দ' ফুম্ব'নরম্বগী মরম মাসিমকনি। মথৈ-থংদা শেল শিদোকপা ভমদরে। ধনদাস মথত্ত'ই রাবদগী অহুম শিথরে।

পাও পুম্নমক অসি ত'বদা অতৈ অতৈ লম্লোনবশিংনা লাক্লুনা হিরণ্ময়ীদা হাঙৈবরে, নপা ঐথে'ইগী লমল তেংন্দুনা শিখ্রে। ঐথোইগী লমল শিংদোকউ। লম্লোনবা মুপা অহুগী মচা মুপীনা থংবা ভমলে — মাথোইগী ম্না অচুম্বনি। মতম অহুদা হিরন্ময়ীনা অরৈবমথৈ য়োম্হোকতুনা মাথোইগী লমল শিংনরে। মাহাকনা লৈনবা য়ুম ফাওবা য়োনথোকলে।

হুজিক অসিদা হিরণ্ময়ী শেংন চানবগী মাবনা খুন্দোলদা লৈবা থাং-গোক অমদা মাহাক মথন্তা লৈরমঙ্ঙী। মাহাক্কী পান্থে হাঙ্গববু মাহাক্কী কান্নবা থনবা আনন্দস্বামী মতোমতা মঙাঙ্গবমঙ্গী। তৌইগুম্বস্নুং মাহাক মতম অহুদা অরাপ্পা লৈবাক্তা লৈরমঙ্গী। আনন্দস্বামীগী মনাক্তা থাবা য়াবা হিরণ্ময়ীগী মী অমতা লৈজরমদে।

(৫)

হিরণ্ময়ী মুপীনি অমস্নুং মশক ফজৈদ্রে — মতোমতা য়ুম অমদা তুম্বদি ফত্তে। খুদোং থীবা থোকপা য়াই— মিংদা থীবা য়াই। অমলা কৌবী গোয়ালা মচা মুপী অমা হিরণ্ময়ীগী লৈকোক লৈকাই ওইরম্মী। মা লুখ্রানি মাগী মচা অঙাং ওইবিবা মুপা মচা অমা, মুপী মচা কয়া মরুম লৈ। মুপী অসিগী মবমচং ফজৈ হাঙ্গহুনা ফাওরমঙ্গী। অহুনা হিরণ্ময়ী মাগী য়ুমদা অহিং অহিং লাক্কুনা তুমলমঙ্গী।

নোংমদি হিরণ্ময়ী অহিংদা তুম্বা অমলাগী য়ুমদা চংখিবদা অমলানা মাঙোন্দা হাঙ্গরমঙ্গী, 'পুরন্দর হাঙ্গবা লল্লোনবা মুপা অদো চহী নিপানগী মতুংদা সহরদা হল্লকলে হাঙ্গবা পাও ফংলেদনা।' মাহু তাহুনা হিরণ্ময়ীনা মমিৎতগী পি তারকপা অমলানা উদনবা হাঙ্গহুনা মম ই লৈথোকলমঙ্গী। পৃথিবীগা হিরণ্ময়ীগগী মরী অরোইবগী ওইন লৈনদ্রে। পুরন্দর মাহাকপু কাওখ্রে। নত্রবদি মা হল্লকলমলরোইদৌবনি। হুজিক অসিদা পুরন্দরনা মাবু নিংশিংগে নিংশিংসনু নত্রগা কাওগে কাওসনু, মতুদা মাহাক্কী করি অতোংবা অমদি অমাংবা লৈবগে? অহুম অহুম ওইনমক মাগী মুংশিবগী মা থন্দুনা মপুনশি চুপ্পা লেল্লকলবা মুপা অহুনা মাবু কাওথোকপিখ্রে থল্লুবদা হিরণ্ময়ী মপুকনিংদা বারমঙ্গী। হিবণ্ময়ীনা অমুকস্নু থল্লমঙ্গী। মাহাক ঐবু কাওরম্মোই ঐগী দমক কয়া কুইনবু মাহাক মীবৈবাক্তা লৈগবনো? থোইদোকপা মা অমদি মপা শিরে মরৈবাক্তা হল্লক্তবা করিগী য়াগদগে? মাহাকনা অমুকস্নু থল্লমঙ্গী. "ঐ মুপা অমগী মুপীনি হাঙ্গবদা চিংনবাই লৈত্তে, নত্রবদি ঐ পুরন্দরগী মা করিগী নিংশিংদ্রুগনি?"

অমলানা হাঙ্গরে, 'পুরন্দরবু নং নিংশিংত্রবরা? পুরন্দর শচীসুত শেঠিগী মচা মুপানি।'

হি! থংই।

অ। মা লাকলে— হি কয়' শেলথুম কয' মাহাকনা পুবকপা হাঈবা অদো মশীং থীহুনা লোইরোই। অহুপ য়াম্বা লল ঐথোইগী তামলিপ অসিদা কনানসু থক উথিদ্রি।

হিবণ্ময়ীগী খম্মোইদা ঈশ্বর কনশিল্লে। মাগী লাঈববগী দশা খল্লুরে, মমাউগী মবুত্তামীগী মরীসু নিংশিংলুবে। লাঈরবগী মৈচাকতি অকনবা মৈচাকনি। মাহুগী মহুংতা পান্দমফম লৈতব লল হিবণ্ময়ীগী ওইরমগদবনি। মাসি খল্লুবগ' মুংনাংংলাইদোবা মুপীদি য়ামনা তাংই। হিবণ্ময়ী ভংহাক অতোপ্পা রাফম অমদ মপুক্নিং চংহুন' মতুং অহুদি অতোপ্প রাবী অমা প ঈথংলকলে। অহুবু কাইনথং তুমল্লমদাইদদি মানা হংলকই, 'অমঙ্গে, লল্লোনবগী মচামুপা অহুবু লুহেংখ্রবর ?'

অমল'না হ ঈবকই, 'হাংদ্রি।'

মাহু তাবদা হিবণ্ময়ীগী ইন্দ্রি মপুন্না পুম্নপং পংথখরে। অহিং অহু রা মচেৎ অমত্তা ভংখিদ্রে

(৬)

মতুংদা নোংমদি অমলা নোকনা নোকন হিরণ্ময়ীগী মনাক্তা লাকুনা মুংশি মুংওনবগী মীচৈনা চৈহুনা হাঈরকই, 'ইবেম্ম, নং অসি ধর্ম্ম লৈভেদা!'

হিবণ্ময়ীনা হাঈবকই, 'ঐ করি তোবে ?' অম। অমুপ কুইবা নংঐভোন্দা হ'ঈদোকতবোবে।

হি! ঐনা কবি হাঈদোকত্রে ?

অম। পুরন্দর শেঠিগা নংগা অমুপ য়ামন' মবী লৈনব !

হিবণ্ময়ী হাইফেৎ ইক ইরমঈ অমসু' হাঈরকই, 'মাহাক অভাং ওইরিভৈদা ঐগী লৈকোক লৈকাই ওইবমঈ—মাহুগী রা ঐন' নভোন্দা করি হাঈগদগে ?

অম। লৈকোক লৈকাইতরা ? ঐনা করি পুরকপগে য়েংলো লাও।

মাপি হাঈহুনা অমল্লানা কোটা অমা পুথোবকলে। কোটা অহু হাং-দোকহুনা মাসিগী মমুংদগী মমাইভদা থক উথিদ্রিবা, মভাঙ্গ কনবা, মমল য়াম্বা হীরাগী পরেং অমা পুথোক্লুনা উৎলে। লল্লোলবগী মচামুপী হীরা থংলমঈ—মানা ভকলহুনা হাঈবমঈ, "মাসিদি মমল য়াম্বা পোৎনি—নংদি মাসি কদাইদগী ফংলুই ?"

অম। মাসি পুরন্দরনা নঙোন্দ' থারকপনি। নং ঐগী য়ুমদা লৈ হাঈনা তাহনা ঐবু কৌহল্লহনা মাসি নঙোন্দা পীয়ু হাঈরে।

হিরন্ময়ীনা ঙাহাক খল্লে হীরাগী পরেং অসিবু লৌরবদি লাঈরবা ফনা কুইনা কোকলগনি। ধনদাসকী মচা মুপী শেংপা চাবগী অরাবা থাংবা ঙমলমদে হাঈবদি মউৎকদৌরে। মরম অদুন হিরন্ময়ী মপুক লাংলমঙ্ঈ। মতুংদা মুংশা শে'র শাংনা থাদোক্লুনা হাঈবকই "ঐ মাসে লৌরাই হাঈহনা অমলা ন'না লল্লে'নবা মুপা অদুদা হাঈয়ু"

অমলা পুমঙক ঙকলে। মানা হাঈরে করি য়ানা? নং ঙাওরবরা নত্রগা ঐগী য়াদা থ'জ্ঞিরবর'?

হি! ঐ নংগী য়াদা থাজে— অদুগা ঐ ঙাওবসু ঙাওদে। ঐ মাহু লৌরোই।

অমলন মাবু য়'ম্না চৈ থাংলকলে। অদুবু হিরন্ময়ী মন্না করিনতা লৌরমদে। মতম অদুদ অমলান' হীরা পরেং পুল্লমদুনা নিংথৌ মদনদেবকী মনাক্তা চংখ্রে। নিংথৌবু খুরুমদুনা মানা হীরা পরেং নিংথৌদা অথেনপোং ওইনা কৎলে। মানা হাঈরবে, 'হীরা পরেং অসি শ্রীযুৎনা লৌববা তারে। মাসি শ্রীযুৎকী মতিক চপ চাই।" নিংথৌন লিক পরেং লৌরগা অমলাদা শেল য়াম্না পীবে। হিরন্ময়ী মাসিগী মরমদা করিগুম্বা অমতা থংলমদে।

মাসিগী মতু' থর লৈরগদি পুরন্দরগী মন'ই মুপা অমা হিরন্ময়ীগী মফমদা লাকলে। মানা হাঈরবে ঐগী ইবুঙোনা ঐবু থারকপদি নহাকনা থাংপোক অমদা লৈবসি য়ামনা মুঙাইত্রে মাহাক থাংবা ঙমদ্রে। নহাকতি মাহাকী অঙাং ওইরিবৈগী মরূপনি; নহাককী য়ুম মাহাককী য়ুম অমত্তনি। নহাক মাহাকী য়ুমদা লাক্লুনা লৈরোদি মাহাক্না হাঈরক্তে। নহাককী পিতৃ-দেবগী য়ুম মাহাক্না ধনদাসকী মহাজনদগী লৈরে। মাসি নঙোন্দা কথোক-লবনি নহাক মাসিদা চংশিন্দুনা লৈবিয়ু হাঈবা অসি মাহাককী ভিক্ষানি।

হিরন্ময়ী লাঈরবগী অরাবা থাংবা অতৈ অতৈ মরমদদি পংলুম লুম্না থোকলমদে, অদুবু মপাগী য়ুমদগী তাম্নোকপ[illegible] অরাবা থংবা অসি মাঙোন্দা খ্বাদইগী লুমলমঙ্ঈ। অঙাং ওইরিবৈদা শাম্নথিবা মপাগা মমাগা লৈমিন্নথিবা মমা মপানা শিথিবা য়ুম অদুদা লৈবা ফংদবগী অরাবদি মাহাক পুবা থাংবা ঙমলমদে। অদুনা য়ুম অদুগী য়া পাল্লকপদা মাহাককী মিতগী পি শিঙরকলে।

মাহাক্না পুরন্দরগী মনাই মুপী অহৃদা বর পীরহুন হাঈরকঈ, "দান অসি ঐ লৌকম থোক্কবনি, মাসিদা মিহৌবা অমদি অপাম্বা পোকলকপদি ঐ থাম্বা ভমংলোইদৌরি, অহুনা ইকাই ইকি হু.ন্দ ক্তুনা দান অসি.তংদি মরোমগে নংগী নবুভোগী মঙ্গল হীরম পুখনমক্তা ওইরসনু।"

মনাই মুপী অহু খুরুমহুনা বিদায় লৌরে। অমলাম্ন তৌনবিবা অসিদা য়াওরমঈ। হিরন্ময়ীনা মাঙোন্দ হাঈরমঈ "অমলা ঐ ইতোমত, লৈরুবা ভমলোই। চংলো চংশি, নংম্ন মফম অহৃদা লৈরুগদবনি।"

অমলা য়ারে। অহুনা মবুভ'মী চংখহুনা ধনদাসকী য়ুমদা লৈরুরে।

অহুম অহুম ওইনমক অমলা পুরন্দরগী য়ুমদা তোঈনা চংলমঈ, নোংম' মাহু হিরন্ময়ীনা থিংবদগী অমলা থক চংখিদ্রে।

মপাগী য়ুমদা লাকলবকাওবদ হিরন্ময়ীনা হীরম অমদা য়াম্না ভকলম্মী। নোংমদি অমলানা হাঈরে "নং ইমুং মনু' থ'কনবগীদমক্ত, মুংনাংউরমু, নত্রগা নোমলাকউরম্নু। ঐ রাজবাড়ীদা থবক অমা ফংলে— হুজিক পৈশাগী অরাংপা লৈতে। মরম অহুনা ঐনা ইমুং মনুংগী শেংনা চানবা পুগনি। নং য়ুম্নুরেং ওইহুনা অহুম লৈয়ু।" অমলানা শেল য়ামনা কোমনা শীজিন্নবা হিরন্ময়ীনা উরমঈ। অহুনা মাহাকন মাবু য়ামনা চিংনরমঈ।

৭

লুহোংবগী মতুং মঙাশুবা অ:ষ.ঢ়গী শুক্র: পঞ্চমী ওইরক্কদৌবে। বা অসি নিংশিংলক্তুনা হিরণ্ময়ী সন্ধ্যা য়াচংব' মতমদা খোইরাং খোঈশাওনা কমহুনা লৈরমঈ। মাহাকন' থল্লমঈ, "গুরুদেবনা য়াথং মতুং ইম্না ঐ হয়েংদগী খুদোপ শিবা য়ারে। অহুবু ঐ খুদোপ অসি শিগত্রা ? মাসি শিরগা ঐগী করি কাম্নবা লৈবগে ? ঐ ইপু:রোইবা ফংবা য়াই, অহুবু ঐদি ইপুরোইব ফংবদি পামত্রে। করিনা হাঈববু ইপুরোইবা লৈরবদদি অতোপ্পা মুপ অমগী মূর্ত্তি ঐগী থম্মোইদা য়েক্তুনা মতম কুইনগী লাংলুবা চুমদে। অহুবু ঐ রাখল আস থংথা থাদোকপা ভমলোইদৌরি, অহুনদি ঐগী ফত্রবা থম্মোই আস থর রারকপনা চুমই। নত্রবদি ধর্ম্ম কাঈগদৌরি।"

মতম অসিদা অমলা বিভূদা চুংহুনা হিরণ্ময়ীগী মনাক্ত লাক্তুন হাঈরে, "মাংলেদনা করি থোরককদৌরিবনো ঐ করিগুম্ব অমতা থংত্রে।"

হি। কদৌরে ?

অ। কোন্নুংদগী গ'ড়ো থারক্লুনা নং কৌররি।

হি। নং ভাওরে। ঐবু করিগী কোন্নুংগী মীনা কৌরগনি ?

অম্মুম র' ভাংনরিডৈ তঙ্গা অ'সিদা রাজদূতী লাক্লুনা মাহাকপু খুরুম-ছুনা হাঈরকই, "হিরণ্ময়ী ছুজিকমক গাড়ীদা তোংহুনা কোন্নুং মন্নুং মুপীগী ফমফমদা লাককদবনি হাঈবা অসি মহারাজ শ্রীমদনদেবগী সনা য়াথংনি।"

হিরণ্ময়ী ভকলমঈ। অতুবু মাহাক নিংথৌগী হুকুম ইন্দবদি ভমগমদে। নিংথৌগী য়াথং হুন্দোকপা য়াদে। থোইদোকপা রাকম অমদি নিংথৌ মদন-দেবগী কোন্নু' মন্নুংদা মুপী চংব কবিস্নু চি'নভাই লৈতে। মরমদি নিংথৌ অ'স য়াম্না ধর্ম্ম লৈ অমদি ইন্দ্রি খুহ্ম চল্লি হাঈহুনা ফাওই। মাহাককী মপান্না নিংথৌ মচা অমত্তনা মুপী অমত্ত ওৎপা ভমদে।

হিরন্ময়ীনা অমলাদা হাঈরমঈ, "অমলে, ঐ নিংথৌগা উনরুগে হাঈনা য়ারে। নং লোঈনরুশি চংলো।"

অমলা য়ারে।

মাগা লোঈননা গাড়ী তোংহুনা হিরন্ময়ী কোন্নুং মন্নুংদা চংলকলে। থোংডাকপনা নিংথৌদা হাঈজরে লল্লোনবগী মচানুপী লাকলে। নিংথৌগী হুকুম ফংলহুনা থোংশংবা হিরন্ময়ীতবু নিংথৌগী মাংদা পুশিনখ্রে। অমলা মপান্দা অহুম লৈহৌরে।

৮

হিরন্ময়ী নিংথৌবু উবদা ভকলমঈ। নিংথৌ চাওদম শাংদমই, মথবাক পাকই; মথুং শাংই, শাওংশাদা য়াম্না ফবৈ, মরাইবক পাকই; মখোল হোই, মমিৎ শাংই, চীংলেমই—অম্মুপ ফজবা মুপ মুপীনা তাংনা উই। নিংথৌসু লল্লোনবা মুপাগী মচা মুপী উরগা মামুক ফজবা মুপী কোন্নুং মন্নুংদা পং য়াও য়াওরোই হাঈবা থংলমঈ।

নিংথৌনা হাঈরমঈ, "নং হিরন্ময়ীরা ?

হিরন্ময়ীনা হাঈরমঈ, "ননাই ঐ হিরন্ময়ীনি।"

নিংথৌনা হাঈরকই, "ঐনা নংবু কারগী কৌহল্লরিবনো হাঈবহৃ তাও। মংগী লুহোংবগী য়া নিংশিংবরা ?"

হি। নিংশিংজরি।

নিংথৌ। অহিং অহুদা আনন্দস্বামীনা নঙোন্দা পীখিবা খুদোপ অহু নঙোন্দা লৈরিবরা ?

হি। মহারাজ! খুদোপ অহু লৈ। অহুবু মাহুগী য়ারোল অপুন্বা অরোনগা অথুপ্পনি, অহুবু শ্রীযুংতি মাসি কম তৌহুনা থংবিবগে ?

নিংথৌনা মাসিগী পাওখুমদি পীদনা হাঈরকই, "খুদোপ অহুদি কদাঈদা লৈ ? ম'হু ঐঙোন্দা উৎলু।"

হিরন্ময়ীনা হাঈরকই, "মাহু ঐনা য়ুমদা থনমলে। চহী মঙা মপুং—কাগদবা হুজিক ফাওবদা পুং খরা য়াংলি, অহুনা আনন্দস্বামীনা থিংবা মতুং ইন্না ঐ খুদোপ অহু শিগ্রি।"

নিংথৌ। করে, মাহুগা য়ান্নবা অনিগুবা খুদোপ অমা আনন্দস্বামীনা নংগী নপুরোইবদা পীরমঈদর', মাহু উরগা নং মশক থংবা ঙমগদ্রা ?

হি। খুদোপ অনিমক মশক চপ মান্নৈ; অহুনা উরবদি ঐ থংবা ঙমগনি।

মতম অহুদা থোংশংবন নিংথৌগী হুকুম ফংহুনা সনাগী কৌটা অমা পুরকলে। নিংথৌনা কৌটা অহুদগী খুদোপ অমা পুথোকলকলগা হাঈরকই, 'য়েংউ খুদোপ অসি কনাগীনে ?" হিরন্ময়ীনা খুদোপ অহু মৈঙান্দা মুন্না য়েংলগা হাঈরকই, "দেব! মাসি ঐগী ইপুরোইবগী খুদোপমকনি, অহুবু শ্রীযুৎ ইবুঙোদি মাসি কদাইদগী ফংবিরুই ?" অহুদগী ঙাহাক খন্নরগা মাহান্না অমুক হাঈরকই, "দেব! মাসিদগী থংবদি ঐ লুখ্রানি হাঈবা অসিনি। ঐগী ইপুরোইবা অহু শাগৈ নাতৈককাগুম্বা মাহাকী মী লৈজদহুনা মাহাককী মরম সনা খুংতা চল্লরবনি। মাহু নত্তনা মাহান্না হিংনা হিংনা মাসি থাদোককনি হাঈবদি ঐ থাজদে।

নিংথৌনা নোক্তুনা হাঈরকই, "ঐগী য়াদা থাজো, নং লুখ্রা নৎতে।"

হি। অহু ওইরবদি ঐগী ইপুরোইবদি ঐঙোন্দগীমু হেন্না লাঈরবা তারে। শেল পামহুনা মাহাকনা মাসি য়োনথোকলবনি।

নিং। নংগী নরা ইনাক খুনবা হুপানি।

হি। অহু ওইরবদি শ্রীযুৎনা মাসি মাঙোন্দগী হৃদনা থংদে বলনা থংদে পোক্লব ওইবা তারে।

নিংথৌনা মথৌনা লৈবগী য়াঙাং অসি তাবদা ঙকলমঈ। মহাকনা হাঈরকই, "নথৌনা ফৈদা! নিংথৌ মদনদেব হুয়ানবনি হাঈবা অসি কনাগুম্বা অমত্তা হাইবা ঙমদে।'

হি। নত্রবদি শ্রীযুৎতি খুদোপ অসি কদাইদগী ফংবিবগে!

মীং। আনন্দস্বামীনা নংগী লুহোংবগী অহিংদা মাসি ঐগী খুদোনবীদা শিজিনবিরম্বনি।

মতম অদুদা হিরন্ময়ী ইক'ইবনা মরুলুক্লুনা হাঙ্গৈরকই, আর্য্যপুত্র! ঐগী ইরাল ভাকপীয়ু ঐ মাইথকপীনি, থংদদুনা অয়াকপা রা হংগংলুরে।

(৯)

হিরন্ময়ী নিংথৌগী মতুনি হাঙ্গৈবা ত'বদা য়ামনা ভকলমঙ্গৈ। অদুবু মাহাক ভকহ হরাওরম'দ। মাহাক থে'ইনা হেন্না মম'ই মকলমঙ্গৈ অমস্তুং থল্লকই, "ঐ অস্তুপ কুইবা অসি পুরন্দরবু ফংলমত্রবমক'ন, অদুবু অতোপ্পা অমগী মুপী ওইবগী অর'থদি থাংলক্তি। হুজিক্তগী ঐ অদুগুম্বা মৈচাকনা চাককদৌরিব'নি। অদুগা থম্মোই মমুংথদি ঐ পুরন্দরগী মতুনি, অদুদবু করম তৌ'না ঐনা অতোপ্পা মুপা অমবু মুংশিদুনা মহাত্মা আসগী য়ুমদা মাইহিং পকহনগদগে?" হিরন্ময়ীনা মাস্তম রাথল ভৌরিতৈ ভাপ্পা অসিদা নিংথৌনা হ'ঙ্গৈবকই "হিরন্ময়ি! নং ঐগী ইতুমকনিদি হাঙ্গৈববু নং লৌশিনদ্রিবৈদা ঐগী হংনঙাইই থর লৈরে। নংনা কবিগী পৈশা পীদনা পুরন্দরগী য়ুমদ' লৈবগে?"

হিরন্ময়ী মরু লুকঙমঙ্গৈ। নিংথৌনা অমুকস্তু হন্ন' হংলকই, "নংগী নমাই মুপী অমলানা পুরন্দরগী য়ুমদা ইতং তত্তনা চৎপা কবিগীনে।"

ইকাইবনা হিরন্ময়ী অমুকস্তু হন্না মরু লুকখ্রে; মাহাকমা মওন মওন থল্লমঙ্গৈ, "রাজা মদনদেব লোইনবা থংইদ! কবম তৌ'দুনা ওইরিগদগে?"

মতম অদুদা নিংথৌন হাঙ্গৈবকই; "অদুগা হেন্না লুম্বা রাফম অমদি নং মীগী মতু ওইরগা পুরন্দরনা পীবকপা হীব পবেং ক'রগী লৌরুরিবনো?"

হন্দককী ক্ষেপ ৩দি হিরন্ময়ী র' ভাংলকলে অমস্তুং হাঙ্গৈবকই, "আর্য্যপুত্রদি পুমথং থংবা মী নত্তে হাঙ্গৈবা থংলে। হীরা পবেংদি ঐ হনখ্রে।"

নিং। নংনা পরেং অদু ঐডোন্দা য়োনথোকসরে। পরেং অদু য়েংউ মাসিনি।

মা'সি হাঙ্গৈদুনা নিংথৌনা কৌটাদগী হীরা পবেং পুথোক্লুনা উৎলে। হিরন্ময়ীন' হীরা পরেং অদু উবদা মশক থংলমঙ্গৈ. অদুনা মাহাক পরেং অদু নিংথৌদা লৈরম্বা উবদা পুমঙক ওকথরে। অদুদগী মাহাকনা হাঙ্গৈরকই, আর্য্যপুত্র। হীরা পরেং অসি ইশামক লাক্লুনা শ্রীযুংতা য়োম্নবরা?"

নিংথৌ। নত্তে, নংগী ননাই মুপী অমদি পাও পুবী অমলানা য়োল্লবনি। ঐ মাবু কৌরা ?

হিরন্ময়ীগী অশাওবা মাইথোংদা হাইফেৎ নোকপা উৎলগা মাহাকনা হাঈরকই, "আর্য্যপুত্র। অর'নবা ভাকপীয়ু। অমলাবু কৌহনবিরুরসু ঐ মানা য়োল্লগা অদে, য়াজরিবা অসিনি।"

নিংথৌ ভকলে অমসুং হ'ঈরকই, "মুপীগী লমচৎ থংবা ভমদে। নং অত্তোপ্পা মুপা অমগী মতু ওইরগা পুবন্দরদগী লিক পরেং অসি করিগী লৌ-রুরিবনে ?"

হি। মুংশিনবগী খুদে'ল্লি হাঈদুনা ঐনা মাহু লৌরুরবনি।

নিংথৌ অমুকসু হেন্ন' ভকথরে, অদুগা হংলকই, "করি রানো? মুংশিনবগী খুদোন হাঈবদি করমনা ?

হি। ঐ অত্তে'প্পা মুপাগী মুপীনি, মহারাজ! ঐ শ্রীযুৎকী ননাই মুপী ওইবা মত্তিক চাদে। অদুনা ঐ বিদায় ফিগাও শানা রাদুনা খুবাং তরা লোল্লনা সনা চরুন্দা খুরুমজরি। ঐগা লুহোংথিবা কাওথোকপিরো।

হিরন্ময়ী নিংথৌদা খুরুমদুনা ক্লেক্তা চৎকদৌরে, নিংথৌগী শকফম ইথং থংহৌদনা থোক ওনথোক খ্র - অভকপা উৎলগা নিংথৌগী মাইথোং হরাও তয়ারা মকা ফনবা মাইথোং ওইথোকখরে। অদুনা নিংথৌ থোল হৌনা কাক ফাক নোকলকলে। নিংথৌগী ফিনোক তাবদা হিরন্ময়ী হু হল্লকলে।

নিংথেমনা হাঈরকই, "হিরণ্ময়ি! নংনা তয় ওইরে, ঐ মাইথীবে। নংসু অতোপ্পা মুপাগী মুপী নত্তে, ঐসু নংগী নরা নত্তে, ভাইথে', চৎথিনু।

হি। শ্রীযুৎ ইবুংঙো! অদু ওইরবদি থোদোক অসিবু কমদৌবা রানো ননাইদা শুগাইনা অমুক্তা তাকপীয়ু। ঐদি য়ারা অচম্বী মুপীনি শ্রীযুৎকুম্বা চিংলম্বা নিংথৌগী ফাগী ননাই ঐগোম্বা চুনদ্রে।

নিংথৌনা নোকপা তোক্তনা হাঈরকই, অসিগুম্ব ফাগী ঐগুম্বা নিংথৌ-দদি চুনৈ। চহী তরুকী মম'ংগী রানি—নং চিঠি তংথ'ই অমা নংগী নৈতেং মরক্তা ফংথিবরা? ফংখ্রবদি মাহু নৈরিবর ?

হি। মহারাজ! শ্রীযুৎ ইবুংঙোদি লোইনবা থংবনিদন। চিঠি তংথাই অদু ঐগী য়ুমদা লৈ।

মিং। অহুদি নং গাড়ী তোংহুনা চিঠি তংখাই অহু লৌরগো। নং লাকলগা ঐ রারোল অপুম্বা লোইনা চিথ নাম্ব য়াওহন্দা হাঙ্গেগে।

হিরন্ময়ী নিংথৌগী হুকুম মতুং ইম্না গাড়ীদা তোংহুনা ময়ুমদা হনখ্রে, অমসুং মফম অহুদগী মথক্তা হাঙ্গখ্রবা চিঠি তংখাই পুক্নেমহুনা নিংথৌ সনা মাংদা অমুক থুংলরে। নিংথেমনা চিঠি তংখাই অহু উরহুনা অতোপ্পা চিঠি তংখাই অমস্থ কৌটাদগী লৌথোকলগা হিরন্ময়ীদা, পীরে হাঙ্গরগা মাহাকনা হাঙ্গরকই, 'তংখাই অনি অসি পুমশিন্নরো।" হিরন্ময়ীনা তংখাই অনি তিনশিন্নরে। নিংথৌনা হ'ঙ্গরে, "তংখাই অনি পুনশিন্নহুন পারো।" মতম অহুদা হিরন্ময়ীনা মথাদ ইরিবা অমুম পারকলে।

' (জ্যোতিষ হোংতুনা ঐনা থংলে) নংনা নিংলিবা অহু তৌগদৌবা নত্তে। (হিরন্ময়ীগুম্বা সনাগী লাইফাদিব'বু কুইনা লুখ্রা ওইহনবা য়াদে। মাগী (লুহোংলবদি য়ামনা খুদোং থিবা থোককনি) মা মতম কুইনা লুখ্রা ওইগনি হ'ঙ্গবদি পাম্বিগী খুংহোংতগী থংবা ওমলে অহুম অহুম ওইনমক চহী মঙা' (ফাওবা অমগা অমগা) লুহোংলবা মুপী মুপা মমাই উৎনত্রবদি গ্রহ অ'সিদগী মাম্বে'কপা (য়াই) মাহুগীহৌনবী নিয়ম অহুগী খুজিন ঐনা তৌবা ওমগনি।"

হিরন্ময়ীনা চিঠি অসি পাবা হেক লোইবগা নিংথৌনা হাঙ্গরকই, "চিঠি অসি আনন্দস্ব'মীনা নপাদ ইরকপনি।"

হি। ঐথে ইগী লুহোংবা মতমদা করিগী মিং খুমজিল্লম্বনো অঙকপা লুহোংবা অহু ক'রগী অহুক তু'ম্বম্না থোকখি চহী মঙা চুপনা খুদোপ শিহন্দবা করিগীনো হাঙ্গব'দ মাসিদগী থংবা ওমগে। অহুবু অতৈদি ঐ থংবা ওমত্রে।

নিংথৌ। চিঠি অসি ফংবমতদা নংগী বাবানা নংপা পুরন্দরগগী মরী থদংনরম্বনি হাঙ্গবদি নংসু থংলদনা। মাহুগী রাবন' পুরন্দর সিংহলদা চংখিবনি।

অসোমদা আনন্দস্বামীনা বর অমা ঠিক তৌরে। অহুবু বরগী কোষ্ঠি হোৎপদা বর চহী ম'রফু পুনশিগ'নি হাইনা ফংলে। অহুম অহুম ওইনমক চহীকুননিপাল গু'ত্রবৈদা শিবা য়াবগী লাংফম অমা লৈরমই। আনন্দস্বামীনা মথা তানা হোংথহনা থংবা ওমলে—চহী মতাং অহু লাম্বোকত্রিবৈদা অমদি লুহোংবা মতুং চহী মঙাগী মহুংদ মাহাক মতুগী কমুংদা হিপতুনা মথক্তাই থাবা য়াই। অহুম অহুম ওইনমক চহী মঙা যেসা উপায় তৌহুনা হিংহনবা ওমলবদি মাহাক কুইনা পুনশিগনি।

মরম অদুনা বরগী চহী কুলছমদোই হেন্দোকলগা লুহোংবা হাইনা লেপ্লে। অদুবু অম্মুপ কুইনা লুহোংদনা লৈরবস্মু নং নপুকনিং লাংবা, তথক তথকখিবস্মু য়াই মুপা অমদা অমদা চেঙ্খোকখিবস্মু য়াই থনবদগী নংবু কিহনগে হাইদুনা চিঠি মচেৎ নপানা কৈতেংগী মরক্তা থমজিল্লম্বনি।

অদুদগী লুহোংলবদা চহী মঙা উনদবা য়ানবা লৌশিং তৌবা অদু নংস্মু খংলেদনা মাদুমক্তনা মরম ওইদুনা নবুঙামী অমগা অমগা পরিচয় ফাওবা খংনরমদ্রিবা অদুনি।

থা খরা হৌখরে, আনন্দস্বামী সহর অসিদা লাকুনা নংগী লাইরবগী য়া তাবে হাইদুনা মথয়াই য়ারমই। মাহাকনা নংবু য়েংগনি হাইদুনা লাকপম্বনি, অদুবু উনবদি উনখিদ্রে মাহাকনা ঐগা উনদুনা নংগী লুহোংবগী য়া মকোক্তগী মতোল লেংমন ঐঙোন্দা তমলমই। কাইথংদা মাহাকনা হাইরমই. ঐনা হিরন্ময়ী লাইরবনা অসি য়ৌনা অয়াব তারে হাইবা খংলমলবদি ঐ মাগী অয়াবা কোকনবা লাকনরমগদৌবনি। ছুজিক্তি শ্রীযুৎনা মাসিগী প্রতীকার থর তৌবিয়ু। মাসিদা চংখিবা শেল ঐঙোন্দা তাকপীরকউ শেল অদু ঐনা শিংগনি। ছুজিক অসিদ ঐনা হাইজগদবা অমদি হিরন্ময়ীগী ময়া সহর অসিদা লৈরে, অদুবু মাখোই অনি উনদনবা অমা শ্রীযুৎনা য়েংশিনবিবা তারে। মাসি হাইদুনা আনন্দস্বামীনা নংগী নয়াগী পরিচয়স্মু ঐঙোন্দ খংহল্লমই। মুমিৎ অদুদগী হৌদুনা অমলানা নংগী থরচ পুরকলিবা ঐন পীবা পৈশানি। ঐনা নপাগী য়ুম হন্দোক্তুনা নঙোন্দা পীবনি। হীরা পরেং পীখিবস্মু ঐননি। মাসি ঐনা নংবু পরীক্ষা তৌদুনা য়েংবনি।

হি। অদুদি শ্রীযুৎনা খুদোপ অসি কদাইদগী ফংবিরুই? শ্রীযুৎনা ঐগী ইপুরোইবনি হাইনা পরিচয় পীদুনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌবিরম্বনা করিগী? পুরন্দরগী য়ুমদা লৈ হাইদুনা ঐবু অয়ানবা শীবিবনা করিগী?

নিংথৌ। আনন্দস্বামীগী য়াথং ফংবা খুদক অদুমক্তদা ঐ নংবু শংবা মী হাপলবনি। ঐনা অয়দা শীজিন্নদুনা নঙোন্দা হীরা পরেং পীহল্লিবা মুমিৎ অদুমক্তদনি। অদুদগী ওসিদি চহী মঙা শুরগনি হাইবা খংলদুনা ঐনা নয়াবু কৌঙ্গুরগা হাইরমই, নংগী লুহোংবগী য়ারী ঐ লোইনা খংই, নংগী খুদোপ অদু শুদুনা আহিং পুং তরা মাখোই তাবা মতমদা লাকউ। নং নংগী মুপীগা

ভিন্নগদবনি।' মাহাকনা হাঙৈখি, শ্রীযুংকী সনা য়াথং কোকথক্তা হাপ্পদি তারে অহুবু ঐদি নুপীগা ভিন্নবকক্তা হাঙৈবসি করিমত্তা পামজদ্রে; ভিন্নদবনবু হেন্না ফরে। ঐনা হাঙৈরমঙৈ, 'ঐগী হুকুমনি।' মাহুদা নংগী নপুরোইবনা য়ারমঙৈ, অহুমদি ওইরগা মাহাকনা হাঙৈরমঙৈ, 'ঐগী নুপী অহু মচৎ ফজৈ ফজদে হাঙৈবা অহুদি শ্রীযুংনা থর থংবিয়ু। নুপী অহু মচং ফৎত্তবী ওইর-বদি শ্রীযুং ফাওবা অধর্ম্মদা থর মথৈ থোং থাংজিনবিবা তাগদৌরিবনি।' ঐনা থুমসমঙৈ, 'অহুদি নংগী খুদোপ অহু ঐঙোন্দা পীরমগে। ঐ নংগী নুপীগী মচৎ পরীক্ষা তৌরগা লৌ হাঙৈগে।' মাহাকনা হাঙৈরমঙৈ, 'খুদোপ অসি ঐ মী অতোপ্পা অমদদি থাজৈ হাঙৈহুনা পীথোকলম্মোই। অহুবু শ্রীযুংতদি থাজদবা লৈতে।' ঐনা খুদোপ অসিনা নংবু পরীক্ষা তৌরে, মাহুদা নংনা জয় ওইরে।

হি। পরীক্ষাগী রাদি করিমত্তা থংলমদে। অমুম তৌরিঙৈ অসিদা কোম্নুংদা মঙ্গলগী মশক ওইবা পুংশেল য়ামনা য়ৈরকলে। নিংথৌনা হাঙৈরকই, "অহিং পুং তরা ম'থোই হেন্নে পরীক্ষাগী রাদি কে'ন্না হাঙৈগে। হুজিক্তি নংগী নম্না লাকলরিনি, শুভলগ্ন হাঙৈবদি ক্ষেনফম অফবা অসিদা মঙ্গলগী মিৎয়েং য়েংনররবো।"

মতম অহুমক্তদা তু'শৌমদগী কা অমগী থোং হাংদোকলে। র'ংচাওবা নুপা অমা থোং অহু লাম্থোরক্তুনা কা অহুগী ময়াই য়োনা চংশিল্লকলে। নিংথৌনা হাঙৈরকই, "হিরন্ময়ি! মাহাক অসি নংগী নপুরোইবনি।"

হিরন্ময়ীনা য়েংলকলে — মাহাককী মকোক উক উক লৈরে— মাহাকনা পুরন্দরবু হেক উবদা মমিৎ পাংনা পাংনা মমং মংলে জ্ঞান ভাখিদ্রে।

অনিমক অমনা অমদা য়েংহুনা ওকনরে, অঙাওবগুম লৈমরে।

নিংথৌনা পুরন্দরদা হাঙৈরমঙৈ "মরূপ! হিরন্ময়ী নংগী মতিকচাবা নুপীনি। নুংশি নুংওন্না মাবু য়ুমদা পুজেম্মলো। মাহাকনা নংবু হুজিক ফাওব মমাঙৈ-গুম অহুম মনুংশিরি। অহিং নুংথিল থাক্তনা ঐনা মাহাকপু শংলম্মনি। মাহুদা ঐনা মুন্না থংলে — মাহাক অতোপ্পা নুপা অমবু নুংশিদে। নংগী অপান্বা মতুং ইন্না ঐ মাহাকপু পরীক্ষা তৌরে — ঐ মাহাককী মপুরোইবনি হাঙৈনা পরিচয় পীবদা মাহাক রাজ্যদদি মিহৌৎহনা নংবু কাওবা তমরে। হিরন্ময়ীনা নংবু নুংশিবগী মতৌ উই হাঙৈহনা ঐনা মাঙোন্দা ভাংই। ঐনা ইশাযবপু মরানি হাঙৈনম্ন পরিচয় পীরববু মাহাকনা নংবু কাওথোকপ্রবদি

ঐঃভোন্দা মরৈরগে হাঙ্গইহুনা ঐ ইরাল নৈতে, ঐবু লৌবিয়ুনচিংবা খোল থাহুনা অরাবা মতৌ থরদস্সু উৎলমগদবনি। অদুবু মাদি অহুম তৌদনা ইকোম কোম্না ঐ অতোপ্পা মুপাগী মুপীনি! ঐবু মাদোকপিয়ু হেক্তা মহাঙ্গইরমঙ্গ। হিরম্মদি। ঐ নংগী মতম অদুগী নপুকনিং খংই নংনা অতোপ্প মুপা অমগা তিঙ্গবোই হাঙ্গবগীদমক্তা নংনা নশাবু অতোপ্পা মুপাগী মুপীনি হাঙ্গনা নতৌমত্তা পরিচয় পীজরম্বনি। হুন্জিক্তি ঐনা ঋর পীরি নখোই মুভাইনা পান্নুরো।”

হি। মহারাজ! ননাইদা রা অমতংগা ভাকপীখো। মাহাকতি সিংহলদা লৈরমঙ্গ, কাশীদা ঐগা করম লুহোংখিবনে? মাহাকনা সিংহলদগী লাকলমলবদি ঐখোই কনা অমতা খংদবা করিগীনো?

নিংথৌ। আনন্দস্বামী অমস্তুং পুরন্দরগী মপাগা। তমহুনা সিংহলদা মী থাহুনা মাহাকপু কাশীতায়া পুরকহল্লখান, মতুংদা মাহাক সিংহলদা অমুক হন্না মচংখি। তাম্রলিপ্তদা মাহাক লৈরমত্রে। মরম অদুন নখোই কনা অমতনা খংত্রবনি।

পুরন্দরনা হাঙ্গরকই “মহারাজ! শ্রীযুংনা ঐ মতম কুইনগী নিংবা থুংহক্নে ঈশ্বরনা শ্রীযুংকী নিংবস্সু মতৌ অম্বম থুংহনদ্রু। ওসি ঐনা মুভাইবমুক মুভাইবা মী অমত শ্রীযুংকী লৈবাক অসিদা লৈরম্মোই।”

লোইরবা